# মমি শাম্লবা খোঞ্জেল

শ্রীমতি ইবেমণি [illegible] দেবী

কপি মশীং : চামণ্ডাদনি

চহি : ১৯৭৬




কংফমথো কপা : অকোংবগীনি

মথুম য়েকপা : এ, চিত্রেশ্বর শর্ম্মা

রোক শাবা : এন, মঙ্গী সিংহ
এলাংবম লৈকায়, ইম্ফাল

# ৱাহৈ খরা

শ্রীমতি ইবেমপিশক দেবী নৌনা হৌগৎলকলিবী লেখিকানি। মাগী থম্মোয়গী পাউদম ওইনা পুথোরকলিবা "মমি শামূলবা খোঞ্জেল" শৈরেংগী লাইরিকসি পারে। লাইরিক অসি হেক উরুবদা, লাইরিক্কী অক-ফরগী ৱা নত্তনা লেখিকা অসিবু তরাম-তরাম্না ওকচনিংবা অমা লৈজে, করিগী? মশীং য়াম্না লৈত্রিবা মণিপুরী সাহিত্যগী লেখিকা অমা ওইনা চোংথোরকপা অসিদনি। ইমুং-মনুংগী কুপনোমগী ভারগী ৱাখল মরক্তা লেখিকা অসিনা নৌনা পিরিবা মণিপুরী সাহিত্যদা অবদান থাগংনিঙাইনি। মানা মণিপুরী সাহিত্যদা থম্মোয়গী পাউদম হায়ববু তমজরিবা অসিনী খল্লবীয়ু, নৈনবীয়ু হায়না লাম্থোকচরি "মমি শামূলবা খোঞ্জেল" লোন অসিবু মুংশিবীবা, সাহিত্যবু মুংশিবীবা খ্বাই তরাগী মফমদা। লেখিকাগী চহি মতাং অসিদা ইরকপা লাইরিক হেন্নচুম মতিক চারে হায়না লৌজে, .ফোঙদোকনিংবা ৱাখল মপুং ফানা ফোঙদোকই, শৈরেং ময়াম অসিগী মরক্তা থাগৎ-নিংঙাই ওইবা খরদি 'ফংত্রবদা, নিয়ংতি, মমি শামূলবা খোঞ্জেল, শিঙ্গারৈ, শৈরেং অনি, পুন্সি, খোঙলোই' অসিনচিংবা কয়ানি। লেখিকা অসিনা হৌজিক্কী সমাজদা তাং তৌশিন্নবা, ওইদবনা অওইবদগী মমল য়াম্না উরবা, অকেম্ফাংতা মুঙাইথোকপা, মীনা মীগী ৱাখল চেনবা মাললকত্রবা মরক অসিদা হৌজিক্কী মীওই খরনা ৱানা থাঙবা পুম্নমক অসিগীদমক রাজরীবীনি হায়না লৌজে। মাগী ৱাখল পরিংদা করিগুম্বদা অসুম্না খল্লি—

অকাই অতোইনা থল্লবা / ঐগী পুন্সিনা / নংবু থিরি মরুভূমিগী লমদমসিদা / চৎলি— অরেপ্পা লৈতনা মকম খুদিংদা / ফাইরবা খোম্থাংনা কৌরি তত্তনা তেংথাখোল্লক্তা। (ফংত্রবদা)

পুন্সিদা নিংজবা অহু ফংত্রবদা মওল মওল খল্লকই, নিংজবা অহুগীদমক্তা লাৎচবা থম্মোয়ন্নুংদা, মসিনাহুম হেন্না পেল্লে হায়না খল্লে।

লেপত্রবা রাখলগী মওলান্দা / শাগৎচরুই তাজ কয়া / ফোঙ-ঙমত্রবা থম্মোয়না। ( নিয়ঃতি )

তশেংবনি পুন্সিদা ফংগনি, ফংওই হায়বা করিগুম্বা আশা অমনা মাংওইনদনা খনজরিবা অহুনা মরোইরে হায়না পেম্হোকপা, মসিদনি পামজবা হায়ববু। মতমগী রাখল মরক্তা আশা কয়া তৌবা থোইনা লানবা নত্তে।

শমলপ্পা, লেখিকা অসিনা সমাজগী মরক্তা লৈন-লৈন খনবা য়াবা, তৌবা য়াবা খরা তৌনিংই। অসুম্না হোৎনবা লেপত্রবদি শ্রীমতি ইবেমপিশককী থুৎই, রাখল হেন্না মপুং ফারকনি হায়না খল্লি।

পি. কোকঙাং সিংহ
ইডিটর, মীৎয়েং

তাং ২৯। ৮। ৭৬

# ৱারোল খরা

তাইবংসিদ মপোক্নরক্পগি খুদোল্ অমদি তম্গে নীং, থিজরুরে য়ান, হেক্চরুরে থওইদন তিংখংগি চৈনা। অদুবু অমুক্ পাইম পীবুরুঙ্জ মুংহল্ল থম্জরে লোৎতুন নোক্ল-কলক্ চাউব তাইবং মান সক্উথিদনব সক্লোৎন, মনম্ কংথিদনব মথুম্ চেৎন থুম্। অদুবু অথিংব পুম্ব নোংজুথাগি ইরৈ কল্ল ইপোম্ চাউন লাক্প ঈচেলন তৌবগুম্ পল্ নম্থায়রক্লে। তম্গে নীংখিব খুদোল্ তম্দ ঙমলক্ত— তম্লরে ঙসি — নোংম তম্গে তেম্সিংখিব খুদোল্দো। নোন্জরি মহৌসা নোন্জ— তম্জরি খুদোল্ লৎনদন লৌবিনব অদুগ, "থম্মীয় চেকশিন্ন উনা'রক্কা / হরাওন নৈজনি লোৎপগুম নারক্কা॥"— অসিন তাক্লি তম্লিব খুদোল্ অসি থাগৎপিনব নংতে, তম্জনিংবগি তম্জবনি। অচম্ব থমোইগি য়ারানি, অসেপ্প য়াওদ্রব থমোইগি খুদোল্নি— করম্ন লৎনগনি?

ইম্ফাল
২৯।৮।৭৬

গোগোন্বীহারি
ইডিটর 'মালেম'

* কদাইদনো অচুম্বা
* শৈরেং অনি
* মিকুপ্তুগী
* মহাক্তুনি
* নীংথাইরকলে ঐগী থম্মোয়
* নিংঙমদবা পুন্সিগী ঈশৈ
* ফংদ্রবদা
* খুদোল
* নিয়ংতি
* শৈরেং অনি
* অথোবনা থুপগ্রবদা
* মমি শাম্লবা খোঞ্জেল
* পুন্সি' খোংলোই
* মঙলানগী তাইবং
* শিঙ্গারৈ
* সহর অমা
* কুমগী নোং
* কপ্কেন্নুনে ইমা লাইরবী
* নিজবা
* পিঙমদে বিদায়
* পান দুকান
* কুমওন' কুম্মৈ
* পাইসিঞ্জরে ঐদি মৈরীঙ্গুংদা

---

## কদাইদনো অচুম্বা

কনাদনো হংলিবা
কদাইদনো থিরিবা,
হিংনবগী লালফমদা
করম্বনা অচুম্বনো ?
করম্বনা অরানবনো ??
পুম্নমক অচুম্বনি, অচুম্বনি
পুম্নমক অরানবনি, অরানবনি
মীনম্বনি পুন্সি মীনম্বনি
মীনম্বনি মীনম্বনি মীনম্বনি ।।

# শৈরেং অনি

ইন্টরভিউ,
হোটেলছুদা
করিগী— ?
অপাম্বগী
কল্লকপগী
মীহৌবগী।
মীকুপ্পুদা—
অমনা অমবু নীংশিংনদ্রে ;

মিনিটতুদগী
চিবোন চিবোন
লম্বী রারি ওইনখ্রে ॥

হিংনবগী লালফমদা
পুন্সি শান্নপোংলা ?

## শৈরেং অনি

করিগী ওইরোই—
চেঙ্ মরু অমগীদমক
থরায়গা শিন্নরবদা ॥
মীগী অর্থ মাঙথ্রবদা
পুন্সিগী মমল লৈত্রবদা ॥

# মিকুপ্পুগী

ক্রিং ক্রিং ক্রিং
পোং পোং পোং
তিং তিং তিং
পাওনা রোডকী লম্বী
স্বর হোলফম লৈতে,
পুং ২গী শো
পুং অহুমগী কুম্মৈ
অরেপ্পা লৈতে নহা-অহল ।
ঐস্থু ওহাক লেপই—
কুম্মৈ য়েংই ময়ামহুগী
অহুগা খল্লি—
“হামচংনরবা পুক্কী লাল
লৈতে মফমসিদা ।”

# মহাক্কুনি

মী

মহাক মীনি মী

অহুগুম্বা মী,

হুইগী মকোক পানবা

মশানা মী ওইবা

মীগী মিংথোল লৌরিবা ;

মহাক্কুনি মহাক্কু ।

অপাইবা চেজেং পাম্নবগা

অথোৎপা ফমফমহুদা ফম্নগা

মীনা মী ওইদ্রবা

মহাক্কুনি মহাক্কু ।

হুইগী মকোক পানবা

মশানা মী ওইবা

মহাক্কুনি মহাক্কু ॥

# নীংখাইরকলে ঐগী থম্মোয়

ঙসিদি ঐগী কনাস্থু লৈত্রে
ইহাঙ হাঙলে ঐগী থম্মোয়,
শঙবান্নরবা অতিয়াগুম ;
ইচিক-চিক্লে-মালংসে
ঈচিক হুনবা অহিংগুম।
সহরগী নিল খোংবা
মীনা ক্বক ক্বক ইন্নরবা মীতগী কৈথেল,
বসন্তগী ফুগায়না শাৎলিবা লৈরাংলক্কস্থু
য়াওরমদ্রে, লৈ-লক্কস্থু লোৎলম:দ্র।
অদুবু—
থিরি ঐদি ঙসিস্থু
অশোঙবা নারক মোংশোংদা
চীংমুংগী উমং-ম্নামংদা
কুমহুনা লোক্লুংগী তুরেন্দা।
হুংশিবা !

## নীংখাইরকলে ঐগী থম্মোয়

মাঙঙ্গ্রগদ্রা অমুম্মক
থম্মোয়তগী ওইরিবা নহাকপু
পীক্লবী ঈবুকনুংদা লৈরিবা লেঙদনা।
কায়নবগী খাঙঙমদবা রাখল
ওন-থোইরিবা মরুভূমিগী লমদমঙম,
চোকথরবা হকচাংনা
নঙবু থিবদা—।
হায়য়ু—
করম্বা মতমগী খোঙচত্তা
করম্বা মিকুপ পুংজাদা
ফংগনি নংবু থিবা।
মাঙহনগ্রদ্রগা—?
তোর্বানগী লৈঙোইদা শারুবা
নুংশিগী তাজমহল!
পুন্সি ঈরাওখোল্লক্তা
মতমগী ঈথক্লা থেংনবদা॥

# নিংঙমদবা পুন্সিগী ঈশৈ

নোংমা,

ঐগী তুংগী শমবুন্দা

থাগৎ নাচোম অমা থেৎচিনবিরগা

পুবিরমই ঐবু মঙগী লমদম অমদা।

ওইথোক্কবা অহাংবা অমদা

তাওহনা ঐনা

মচু মচুগী অপাইবা নোংজাবীগা

চিক্লা ন্নারি শামিন্নরমই।

তান্না উবা

শেগাইরবা খাংপোক শংদগী ফাওরকপা

মুশি মুশিরবা পোদোনগী মৈভান্দা

ইরমই ঐনা—

হিক্লবা পুন্সিগী ঈশৈ কয়া,

কোক ভাওবমথৈ;

মীকুপ্পুদা— ,

## নিংঙমদবা পুন্সিগী ঈশৈ

লৈপলৈ ঐগী ইমাংদা
পুন্সি বসন্তদা
নীংবা কায়রবী— কায়রবা কয়া।
মিরবা খুংশিৎ মরক্তা
থা-মম্বা পুন্সিগী অহিংহুদা
মিৎ তন্দন পাইবমখৈ
থম্মোয় লাইমন হৌবমখৈ
চিংলমই ঐনা লৈই কয়া
লোইবা নাইদনা
লোইবা নাইদনা।
পৈশা অমগী অমাং-অতোংগী
হিংসাব য়েংলগা
পীগী তুরেল অমা শেম্লগা
লংথরম্বী ঐনা অম-মম মখোয়বু
পুর্ণাহুতি পীরমই মখোয়দা
মঙগী লমদমঃদগী হৌগৎতুনা
হন্না য়েংথোকল্লুবদদি
ঐহাক ইশামকম্থু তাহুনা লৈরমলে
পীগী তুরেল অহুদা।
মতমঃদা—
ঐগী তুংগী শমবুলদা থেৎলিবা
থাগৎ নাচোম অহু
নীংখাইহুনা তারকখি লৈমাইথক্তা।

# ফংদ্রবদা

হায়রো— সে—
নহাক কনানো হায়বা,
ঐগী রাখলগী মণ্ডলান্দা
তত্তনা শাররিবা জগোয় থেক-থেক, নৌগ-নৌ ।

তাক্লরোইদ্রা পুন্সিগী
নংগী শক্তম —
উৎলরোইদ্রা মিৎমাঙদা
নংগী মুর্ত্তি শুমহৎপ শাথেক ।

অকাই অতোইনা থল্লবা
ঐগী পুন্সিনা
নংবু থিরি মরুভূমিগী লমদমসিদা
চৎলি — অরেপ্পা নৈতনা মফম খুদিংদা ;
কাইরবা খোম্থাংনা কৌরি তত্তনা তেংথাখোল্লক্কা ।

অচিকপা অহিংগী থেংলবা তাংলোদা
কৌজেং ঙারোগী শৈশক্তা

থাজগী মঙালদা
মালংগী তাম্থা তুংইল্লা
লৈনা জগোই শাহৌই
ঈয়ায় থকী থরোগা,
তাক্লম্মী লোম্না— 'ঐগী মঙলান্দা'।

চোকথরবা থরায়না
চৎথি মিকুপ্তা,
অদুবু—
কদায় ঐগী নহাক্তি
ঐতনা লাৎচবা মুর্তি
ঐগী থম্মোয়নুংগী প্রেম
পুম্নমক অয়েম্বা তারবা
'নহাকপু ফংত্রবদা' ॥

# খুদোল

লৎনগন্নু, লৌবিয়ু খুদোলসে
অচম্বা নত্তে মল্ল’স্থ লৈরাংসে ॥
রানা থিজরুবনি লৈকোম্মুংদগী
কিব-লৈতনা হেকচরকপনি তিংখংলক্তগী ॥

চেৎনা থমজবদা লৈমন চনগ্রবীনি
শন্দোকখিনি মনম, ফাজিনবদা থুইরবনি ॥
উখিনি কিবদগী চেৎনা পাইজরুবনি
মুনখিনি খনবদগী থম্মোয়-মুংদা লোৎচবনি ॥

নাপ্পদা চিন্নবা হেকচরুবা নত্তে
মী-মাংদা উৎননবস্থ...... ।
থম্বীয়ু চেকশিন্না উনা-’রক্তা
হয়াওনা লৈজনি লোৎপগুম নারক্তা ॥

ইকাইথিবী লৈরাংনি শোকপদা পখবা
লৌদদি লৌবিয়ু— তমঙবা খুদোলসে ॥

# নিয়ঃতি

লোন্থোক্তুবা মিংস্না অনিনা উরুবদা,
ছায়ঙমত্রবা দৃশ্য চীনসিনা
থাঙমত্রবা কাব. কুঞ্জ ।

শুক্ল-মম্লবা থম্মোয়দা
লাকখি নোংথাংগুম
পিক্লবী ঈবুক্লুংদা আশাগী মঙাল ;
থংহৌত্রবা মিকুপ্তুদা
শকখি ঐগী কবিতা ।
লেপত্রবা রাখলগী মঙলান্দা
শাগৎচরুই তাজ কয়া
ফোওংমত্রবা থম্মোয়না ।

প্রকৃতিগী শকলোন্দা
নিয়ঃতি লাইরেম্বীনা মোমোন নোক্লা য়েংলকই,
ভারমদাই সুমিংকী ঙাংঙুনবা নোংজাবীলক্লা ।
মওং লৈত্রবী পুক্লিংনা

রাখলগী জগোই শাখিবা।
অহোংবা নাইরবা থরায়সে
পঞ্চভূতনা শাবা লু তোং
বন্দি ওইখি নহাক্কী।
রাখলগী মিকপ থোক্লকপদা
তোর্ব্বানগী হাবুংদা
পোম্বী চেক্ল কয়ানা
খুৎলাম তোইনা কৌরকই,
মালংগী তাম্বাদা।
ঙাওজরুই ঐনা রাখলগী তময়াদা
শান্নজরুই নিংঙাইদনা মাগী তম্পাকতা
শক্লুই থম্মোয় পেম্মা— কবিতাগী ঈশৈ॥

## শৈরেং অনি

করিনো তৌগদবা,
মঙালনা লাক্ত্রবদা :
অমম্বা ফিজংমুংসিদা
করম্বা অশাগীদমক
হিংলিবনো হিংলিবনো... ঐ
ঐ খংদে ঐ খংদে।
করিগীদমক হিংলিবনো ঐ
ঙসিগী তাইবংসিদা
ঐ খংদে ঐ খংদে।

'হুঃ। করিনো তৌরিসিদি।'
য়েক্ক খুত্তগী ঐবু
থাংগৎতুনা পুরক্কত্রা হায়রগা
নচিন-ননাও হাৎনরবা;

কুপ্লবা উক্তুল মরিক অমগীদমক
অমনা অমবু হুংশিনদ্রবা—
নোংমদি— মোমোন নোকলম্মী ঐস্থু,
অকন-অথৌ পোকপীনি হায়না
চাওথোকচরম্মী থম্মোয়দা ।
অদুবু— ঙসিদি কদায়—
ঙসিদি কদায়—
পুন্নমক মাংহনগ্রবা।
পুন্নমক মাংহনগ্রবা।

# অথৌবনা থুপক্সবদা

নহাক করিগুম্বদা তাগ্রবরা ?
মৈতৈ অথৌবগী রারি
ইংরেজগী বোম-তোপ ফাওবা চংখিদে হায়বদো ;

কয়াদা ঙক্কথ্রবনো !
য়েক্লু ভেঙ্গোল ফাওবনা ;
হৌজিক্লা কদায় —
মীনা ওক্কী মকোক পাল্লে
হুইগী মকোক পাল্লে
সুপ্নগী শত্থম মচেৎ অমগীদমক
মখোয় মশেল ইহিং-নাহিং শাম্নরে !

অরাংবা নোংদোলদগী
য়েংথরকই অথৌবা
লৈচিলগী পোমাই হাংহুনা
মরমদমবু মুংশিবনা,

তন্না অমুক লোংথি
তৌরমলিবা মতৌত্থু উবদা
তন্না অমুক লোংথি ইকায় খুংশি য়াম্লনা।

মতৌ অসি উবদা—
অকনবা পোকপি ইমাদি
অহিং খুংথিল নাইদরে
কপ্লতনা মথৌ ওইখরে
শক্তী— কুচু মাংখরে
মায়থোং খেঙুম লাংখরে।

# মমি শাম্লবা খোঞ্জেল

আশাগী ময়োম কংখরে
থম্মোয়' মণি মাঙখবে।
মাংনা পাইরম্বা পুক্কিং' চেক্ল চা
তুফাং চন্না লুপখরে ঈরোনঙ্গংদা ॥

কনানো কাইহৌরিবা মঙলান চান্দা
ফুফেৎ-কাফেৎ থেকপা মিৎ-মাংদা।
হৌদোকলম্বা তুমখুন ভাল্লিবা ঐবু
মিকৌরোন্না থিনগাইরি ইথিলবু ॥

অরোইবদা— ভাররোইত্রা পুন্সিগী
মিরবা খোঞ্জেল নহাক্কী।
থল্লবরা পিফম, শিন্থপ্রবরা থাক্তনা
মাঙলগত্রা মালংদা ভাবিনবা য়াওদনা ॥

য়েংঙমদ্রে মিৎয়েংসে থাঙঙমদ্রে থম্মোয়সে

পাওদমনিঙাই লৈজদ্রে তাবিনবা য়াওখিদ্রে।
তিনপ্রসন্ন মালংদা কায়রবা খোলহেকসে
শলহৌসন্ন তাইবংদা তেংথা-নাওই মিকপসে ॥

অরোইবদা— য়েংজনিংই ঙসিদি ইমিৎসিনা
তাজনীংই মপাংখোল থম্মোয় পেন্না।
শাগৎচনীংই ঐগী নিংখাইরবা ফুরা
অহুবু, মাংখরে থম্মোয় মুত্তিদি লাৎননবা ॥

## পুন্সি' খোংলোই

ওক্লে,

কপ্পন্থ —

পুন্সিগী মুংঙাইবা হায়বদো

মসিনি খংলব্রা ?

খাংঙমত্রবা মীরা মীশাগী মীনোক-লক্তা

নং ঐতনা থিখিবা —

ইচিক হুল্লবা অহিংদা, মীনিলদা

বসন্তগী নোংলৈ মুংশিং-লক্তা তাওহ্নূনা

অয়েপ্পা লৈতনা রাখলগী জগোই শাখিবা নং-ঐনা ;

শরৎ ঋতুগী থেংলবা অহিংদা

ইংলবা লুপাগুম্লবা মঙালদা

উনিংবগী তথক্লবা মিৎস্না অনিনা

নোংইন চেক্লা-গুম

কন্নাদা রানা ঙাইখিবা ।

অহুতস্থ নত্তেদো—
নংবু উত্রবদা
খোঁগংলবা থরায়সিনা
শারবা, চাক্লবা মরুভুমিগী লমদমগুম
মীকুপ অমতস্থ পোখাহনদে নংগী মুংশি মুর্ত্তিনা ;
মতমহুদা—
ঐগী পিক্লবী থম্মোয়সে
করি ওইখি নং খংব্রা ?
ঐগী পিরাংতনা
থিংভমত্রবা ঈচেল ওইহুনা
মুংশি সাগর তমখিবহু
নংদি খংলিরোইদো
নংদি খংলিরোইদো।

+ + +

সে তোক্লো
নংগী মাইথোংদা তারকলিবা
কোং-কোং শারবা পিরাংশিংহু
ঐগী খুংশাশিংনা
অমুক্তা তৈথোককে ;
অহুগা—
নংগী কোইরাওনবা মিৎস্না
মোমোন নোকপা মাইথোং
অমুক্তংদি য়েংহল্লু কৈদৌবগে।

তস্।

পেল্লে ॥

অহনিদনা— ঐগী থম্মোয়গী হুংশিবা

পুন্সিগী খোংলোই নংতনি

নংতনা ঐগী মরুপনি

নংতনা ঐগী পুন্সিনি ॥

# মণ্ডলানগী তাইবং

ঙ্কপলম্বা থম্মোয়সে
নোকহল্লে ঙসিদি
তম্পাকথক্কী নরানা।
তেল্লবা পুন্সি মিকুপসে
সেকেণ্ড কয়াগী মিনোকনো;
ঐ হায়বা ঙমদে
ঐ থংবা ঙমদে।
অহবু, ঐগী পিল্লবা থৱায়সিদি
থোইনা হেন্না হাপ্পশুম তৌরি মৈচাক
থোইনা হেন্না থোইরাংহল্লি থম্মোয়।
রাহং কয়া লাকখি উকরগা
ঐগী-মাগী
ইমা-ইপাগী
ইযুং-মযুংগী,
করি থোকইন মখোয়গা ঐগা?

মণ্ডলানগী ভাইবংসিদা
মুংশিনবগী লিচিংনা
অরোইবা মিকুপ্তু ভাইনরিবা ভাক্লা ?
নত্ত্রগা।
ভাইবং ফমপাকসিদা
মিংলেন অম-মম লৌহুনা
লিলা শান্নরিবা ভাক্কি হায়নবহুবু তৌরিসিরা ?
ঐদি ওক্কবা ওমদে
ঐদি রাদবা ওমদে
ঐগী থম্মোয় !
খন্দবা ওমদে
ঐগী রাথল।
অহুবু—
কনাগীদমক্তনো ঐনা রারিবা
কনাগীদমক্তনো ঐনা খল্লিবা
মহুস্থ ঐ থংদে
মহুস্থ ঐ থংদে।

# শিঙ্গারৈ

শিঙ্গারৈ শিঙ্গারৈ
অয়ুক্কী লৈরাং শিঙ্গারৈ,
নোংঙানলমদাই লিক্লা-লক্তা শাথবী
ঈংনা নৌজরিবী তনৌবী
কয়াম কুইনা নৌখিগনি!
কোরৌ মৈশা ফংবদা
কেল্লবোইদো লৈমাই-থক্তা;
মপুগী শিম্বা তুংইন্না
মাংলবোইদো পৎতুনা পুমহুনা॥

# সহর অমা

চাওখৎলবা সহর'হুগী
শেলজাও পাইবা মহাজন কাওবু গমা
তান্নৈ-পংতানদা তান্নৈ,
চিংনৈ-পংচিংদা চিংনৈ,
করিগী তান্নরিবা-কনানসু খংদে ;
করিগী চিংনরিবা-কনানসু উদে ।

সহরহুদা—
মী খরনা কৈগী মকোক পাল্লি
অহুগা, চায় অরাম্বা কোক্লনবা মিকুপ্তুগী
মরাল লৈত্রবা তোল্লবা জীবা কয়া ;

তুংদা তাল্লকই শাদানবনা
মখুৎতা মতিক-চাবা খুৎলাই পাইরহুনা ;
চেল্লি-পংচেন্দা চেল্লি,
তান্নৈ-কন্না তান্নৈ, অরেপ্পা লৈতনা ।

চাওখৎলবা সহরহু —
শাদানবনা তাম্নবদা
শাহিং চাবা কৈনা চেনবদা
উফুলনা লোইরে
সহরগী লংলবা ফুরা দলান ।।

## কুমগী নোং

নুইনা হৌরকলে কুমগী নোং
কোইনা পাইরি অতিয়া শিনথুংনা
ঙংলি অথাক-অয়াওগী খোঞ্জেল
নিক্লি পৃথিবী নিংথাইগদবগুম —
অঙকপা অকিবগা লোইননা।
ঙহাক্কী মনুংদা চুথরকলে ঝম্ ঝম্
তায়ে রংরা লৈমাইথক্তা
থললে পুঞ্জী-পাৎ
চেল্লে ঈচেল।

য়ানা ঙাইজরক্লবী ঈঙাই থকপী লোঙ্গৌবী চেক্লা
কুমগী অনৌবা অমৃত থকচরে,
মপুং ফারবা পুর্ণিমা থাজ
লৈচিল-লক্তা লোৎথরে।
ঈপাক ঈয়াইদা শাৎলিবী
থয়ো থম্বাল থারিক-থা

লুকেৎ লুকেৎ উরিবা,
কবি কয়াগী কল্পনানি হায়রিবা
তাইবংনা নংবু শোন্নরিবা।
নাক-য়েৎকী উপাল ন্নাপালশিংদা
মীনুংশি থংব্রবা শরোকী উফুলনা লৈতেংলদ্বা
শংলে হৌজিক্তি ম'লেমসে,
বসন্তগী শক্তম লৌরহনা
তাইবং পুক্লিং শুমহৎলক্লে ;
নংগী লেপনাইদ্রবা খুৎশেমগুংদা।

খুঙংগী ইমা ইন্দোলনা
ঈনগী জগোই শারকলে,
চেন্থরকপা ঈচেলগী
ত্রোং-ত্রোং লাওবা খোঞ্জেলনা
ঈনজিংবী থম্মোই হুরকলে,
কুমগী নোং নোংজু-থা।
মৈতৈ ঐখোয়গী চৎনবী
লেমলৈ ঙাচং তাললকলে।

# কপকন্নুনে ইমা লাইরবী

শেগাইরবা থাংপোক 'ন্নুংদা
ফদি-ফন্না 'রক্তা
চন্না নোংখন-নন্নীবী,
উপাই লৈত্রে নিংছুনা
হিক্কা তেংথা নাওইরিবী
হাদা পলেম মুংশিবী
কপ্কন্নুনে ইমা লাইরবী।
নংনদি খংত্রেদো।
নংনদি উত্রেদো,
জগৎ শেন্বা মপুদি
নংবু তত্তনা শেল্লিদো,
অচৌ পিশক খাইদেদো;
হাদা পলেম চুংশিবী
কপ্কন্নুনে ইমা লাইরবী।
নংগী থাংপোক উন্নগা
নংগী মিকপ তান্নগা

তাইবং শেম্বা মপুনা
থৌজালগী লাইজ খিকলিবা
প্রেমগী হৌরকফম ওইরিবা,
হাদা পলেম মুংশিবী
কপ্‌কম্নে ইমা লাইরবী।
অথুম অহাও-তা চাহুনা
ফজবা ফিজোলতা শেংহুনা
ইরাংগী কৈথেল কারিবা
খেরা খেরা নোকলিবসে
অরাবা লৈত্রবোই ওন্নু।
হাদা পলেম মুংশিবী
কপ্‌কম্নে ইমা লাইরবী।
হৌনা নোক্লিবা অহুক্কী মতিক
হৌনা কপলকখিনি পোলোইদা,
হৌরকফমসু মাল্লবনি
তিল্লুফমসু অমহানি।
হাদা পলেম মুংশিবী
কপ্‌কম্নে ইমা লাইরবী
মপুগী থৌদাং তৌরিঙৈ 'খোয়না
তাইবং শিন্থা পাঙলিঙৈ,
করিগী রাই শোনগনি
করিগী কপ্পু না লৈগনি।
হাদা পলেম মুংশিবী
কপ্‌কম্নে ইমা লাইরবী।

# নিজবা

হে ঈশ্বর !
নঙনা পীনবীবা ঐগী পুন্সিসে
মীরাইজদে ঐনা
মুঙগী থম্মোয় ওইহৃনা
ঐগী য়াকং য়াহৈ কয়াবু তাবিদ্রবস্থ
কাউজ্জদে নঙবুদি মতমচুপ্পদা ঐনা ;
নঙগী নগুণবু শকচবদা
তাবিয়োইদবা লৈয়বদি
শক্লুবগী করি কাম্ময়ি ?

কপ্পা নোকপা
অয়াবা মুংঙাইবা
মীৎকুপ অনিগী পুন্সিসিদা
করম্বা পুক্নিংগী য়াহৈনা
লৈশি লৈথোনজয়গা
তাবিগদগে নহাক্লা ?

শকনাইদবা মালংগুম
উঙমদবা নঙগী শক্তমসে
ঐনদি উবা ফংজরি ;
মহৌশা লাইরেম্বীগী কুঞ্জবনদা
কুগাইনা শাৎলিবা
থরো থম্বাল মরক্তা
থাবল' ঈপোমদা,
অমম্বদসু অঙানবদসু
ঐগী কল্পনাগী লমদমদসু ।

তাকপিয়ু—
করম্বা মায়পৈগেদা চৎলগা
করম্বা লমদম পাংলগা
করম্না য়োৗগদগে নঙগী ননাক্তা?
নহাক্তা পীনবীবা
ঐগী পুন্সি লৈরাংসে
শাৎসন্নু নহাক্তীদমক ।

লম্মুক্নগদৌরবদা খুজেং পালোইনহুনা
লমজিংবিয়ু ঐবু,
লৈখা তাগদৌরবদা কনবীয়ু
নিংহন্নরক্লবা মতমছদা
থৌনা হাপ্পিয়ু
অরুংবনা মক্লা উরবা মতমদা
লেপ্পিয়ু ইমাংসিদা ॥

# পিওমদে বিদায়

উনা উনা লোৎখরে
য়েংনা য়েংনা মাংখরে,
পুক্লিংগী ল্লাসু হায়ওমদা
থম্মোয়' ইথিলসু খাংওমদা
হুংশি মৈচাক্লা ওমচাক্ল—
থম্মোয় মাদি কাইহৌরে।

মাদি
চৎথ্রেদো নীংঙাইদনা
হন্না 'মুক্তা য়েংওমদা
অনৌবা পুন্সি' কাইদোংদা
কংথ্রে মোমোন নোকচবা।

উবিদে খংবিদে য়েংবিদে
ওন্ন-থোইনা খাংহৌরিবা কায়ন' মৈনা চাকপদা
মিৎলু পিরাং ঈহৌরিবা,
খুদাংপিক্ম ভৈহৌরিবা।

কংলরোইদো মপোকসিগী
তাররোইদো মুংশি মপাও
থাদোকলমলে মুংশি লমদম
খোংশানগ্রে— অপাম কাদা ;

মানদি—
নিরম্মী নোক্লা পিবিয়্ বিদায়,
হায়ঙমদে থম্মোয়না চৎলোকো—
থাঙমদে কোঞ্জবা থম্মোয় মুংদা চেৎনা
মিত্তনা য়েংহৌই নীংবা কাইনা—
খংহৌদনা পাওতাকখি— মিৎলু' পিরাংনা
কংলরোই— মপোকসিগী
চৎগ্রে— খামঙমগ্রে— ফাঙমগ্রে।

করম্না খাংসিগে হাংলবা তাইবংদা
কদাইদা থিরুসিগে মাংঞ্জবা মণিদো ?
কনাদা লিরুসিগে ওমচারুবা ব্লারিসে ?
কনাদা তাহনগনি নীংবা কাইব' পাওজেলসে ?

# পান দুকান

হো দাদা !

হো দাদা !

পান, পান,

জলদি দে-ওনা

দো জরদা, দো সরদা, এক মিঠা;

সিগরেদ, সিগরেদ

৫ চৎপী, ১০ চৎপী

শৎ-শৎ লংথোকনৈ ;

অমনা অমদগী হেন্নদে

অমনা অমদগী রাম্বে।

# কুমওন' কুমৈ

শজিবু কালেন হায়রগা
চৈরাওবা, শীনহেনবা, জলকেলী লাক্লিনি ।
ইঙা ইঙেন ওল্লগা
স্নান যাত্রা, রথযাত্রা তৌরনি ।

থবান লাংবন চংলগা
ঝুলন, কৃষ্ণ জন্ম, রাধা-জন্ম,
হৈক্রু-হিদোংবা, বিশ্বকর্ম-পুজা, তর্পন ওইরনি ।

মেরা হিয়াঙৈ পানথংলক্লগা
দুর্গা-পুজা, গোবর্দ্ধণ-পুজা, লক্ষ্মী পুজা,
নীঙোল চাককৌবা, গোষ্ঠাষ্টমী, হরি-উত্থাননি ।

পোইন্থু ৱাকচীংনা শননজিল্লি
তিল শংক্রান্তি কংলনি ।
ফাইরেন লমতানা লোইশিল্লি
শ্রীপঞ্চমী, শিব-রাত্রি, য়াওশংনি ।

কুম্মৈ পরেং পরেংনা
থাশিং মথং মথংনা
কুমওন অমা ওইনরিবা
মণিপুর স্না লৈবাকনি ।
মণিপুর স্না লৈবাকনি ॥

## পাইসিঙরে ঐদি মৈরীনুংদ




মীনমছনা হেকপিগনু
নত্তে, ঐদি ফজবা লৈরাং
ফুংশিবা লৈনম্না মফম থুদিং য়েনবা,
লৈনম চাওবী কেতুকী লৈনারক্তা লোৎচবী
নত্তে, অছুম্ ঐদি—
অছুবু —
হেকতংপিরম্লে নংনা
শেগায়বিরম্লে, লৈমায়থক্তা চোইনা অম মমতা ওইনা।
ওঃ ! ওম্থোকপগী লাইবকনিদা !
থক্তা থোকপা থাজবু
খুৎনা লাম্বা পামজবদগী,
লেপত্রবা পুন্সি লালফমসিদা
পাইসিঙরে ঐদি মৈরানবী ওইনা
চাক্লিবা মৈরীমুংদা—।

কোংজবা :

লোংজম ধীরেন সিংহ

কৈশামথোং

ফংফম :

রাজ ষ্টোর, পাওনা বাজার

মমল :  লুপা অনি

নম্বা ডি মণিপুর কো: অপঃ প্রিন্টিং সোসাইটি লিমিটেড, পাওনা বাজার, ইম্ফাল